অচুম্বগী দমব লাওজবদা মীওই - লাইবপ চাদনা নৈনংশিখিবনা শিকম মাফম থংথিজ্রবা " মাইটিয়ারদম ' নোঙগাথ্রবা হিজম ইরাবত সিংহগী নিংশিং মমিংকা মবি নৈননা V I. P পাব্লিকেশন ওইনা সংস্থানা পুথোকপা শৈরেং লাইরিক ।

---

# "উতোঙা কুপস্তগী অম্মেৎপী"

( অচুম্বা ১দি অনৌবা মওংগী শৈরেং খোঙজং )

— কংথোকপা—

ভারত বর্ষগী চা'-দ মীওই মব্রুনা লাইরবগী লৈয়ী থাদা

লৈরবা লাইর - চুদংনরবা, মীওই - লাইরপ চাত্রবা

ওজ-নোমজহনা চাজবা, লৌশিংনা ১দি অকন্ননা

শরুক মূশ্বিথ্রবা অচুম্বগীদমক অরাঘশিংগী

মায়োক্তা অতংপা লৈতনা লালহৌ-

লাম্ফেংনবিবা মালেমগী মীয়াম

থিবিকী মফমদা

অম্মেৎপী





অইবা

মুন্নাম নয়ন

## অইবগী রাইে খবা

"উরাঙা কপগুগী অম্মেংপা" কৌবা শৈরেং লাইরিক অসি মতম শাংনা মীওইবগী তংনা-থানবা য়াত্রবা থৌরম কয়া ১দি থুন্না-ইগী ওইবা অপুন্বা খুদোংচাবা থৌরাং কয়া লৈবা ৱাৎপদগী অহান্বা 'ঈবাওখোল' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোংখ্রবগী মতুংদা নৌনা অমুক লাইত্রিকফোগুবগী থৌনাবু মক ওইনা 'আমপ্না সাহিত্য পরিষদ ১দি অতৈ অতৈ সাহিত্যবু মুংশিবা মরূপ-মপাং, ওজাশিং কযাগী থৌনাদগী মখল-মথেলগী রফম কয়াগা অযাম্বা পেপার ১দি মেগাজিনশিং ফোংখ্রবা শৈরেং কয়াবু মিংপোন্স অসি পিনবা মীয়াম মমাংদা পুথোকচ্চরি ।

ওসিগী থুন্নাইদা শৈরেং দা ইত্যবু অরবা মখলগী সাহিত্যানি লৌনব-বম্ন থৌদোক কযাদা শৈরেং ইবনা মশিং য়াম্না উবা ফংই অত্রব লাইরিক ওইনা পুথোরকপগী মশিংদি তশেংনা লিকই, মতুগীস্ন অচৌবা মরম লৈতবা নত্তে

অমবু ওইরবন্ন শৈরেং সাহিত্যদা মফম মতম ১দি মীওইগী মতুং ইন্না রাখল পোৎথোক খেন্নবগুম শৈরেংগী মকওইবা খোঙজং কয়াস্ন খেন্নে, লোয়ননা অপারশিংগী মরক্তা আপাম পামদস্নু শোযদনা খেন্নফম থোকই। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং কয়াবু চোইঁ-চোইনা পাখিবদা অপুন্বা ওইনা নৈনবগী খুদোং চারা ফংখিত্রবস্ন হন্দক পুন্না লাইরিক ওইনা পাননবগী থৌরাং শিন্বা অসিদা শৈরেংবু খোইদাবা মীওইশিংনা লাইরিক অসিবু পাবগা শৈরেং অসিনা থুন্নাইগী ওইবা ১দি মীওইবগী শুই-বা খজিক অহোংবা পূবকপা ঙম্মে হাযবগী রাখল ফাওহন্বা ঊন্নবদি অইবগী হোৎনজম্মন মহয় য়াম্রে লৌজগনি ।

মীতৈ থুন্নাইগী অযাম্বা মখলগী নৈনবাই শিংগী মফমদা অইবগী মরুওইনা থমজরিবা নিংশিংবদি মানিনি, লাইরিক অসিবু অমুকতং য়েং-বিবগা শৈরেংগী রাখল্লোনশিংগা মথক্তা অহল নহা সাহিত্যিক কয়ানা অথিংবা নাইত্রবা খুৎইনা অংশংবা মখলগী শেমগৎ-শাগৎপা মওংদা নৈন-বকপা (সমালোচনা) পিবিবক্রবদি অইবগী অতেন্বা-অম্মম্বু ঙাক্নোকহনবদা মতেং পিরকই লৌজগনি ।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোঙননবা হোৎনবদা মখল মথেল কয়াদগী তেন্বাংবিরকপা মাইচৌ ময়ামবু অইবনা থম্মোয় শেংনা তারাম তরাম লৌশিন্নরি ।

অইবা

Utoonga Kupshugi Anmetpi, a modern Progressive & Realistic type of Poetry book, written by—
Yumnam Nayan, Geetamandir, Hojai

---

রিমেলিমিব কবি য়ুম্নাম নয়নগী অনিশুবা শৈরেং লাইরিক ।

অকোংবা :– আসাম মনিপুরী প্রগ্রেসিভ লিটারেরী এসোশিয়েশন (আমপ্লা) হোজাইনা ভি, আই, পি, চেকোও ওইনা ফোঙবা ।

কপি মশিং : ৭৫০

লাইরিক ফোঙবা তুমজা :— ১৯৮৮ ইং

লাইরিক্কী মমল :— লুপা ৫.৫০

মথুন য়েকপা ১ দি ব্লক শাবা :— কে, ইবোতোম্বা

মথুম পুথোকপা :— অইবা মশামক

অইবগী অহান্বা ফোংখিবা লাইরিক :- "ঈরাওথোল"

---

উনমফম :- রামধনু (চুমথাং) প্রেছ, হোজাই দগী এ, কুঞ্জরাশি শিংহনা অয়াম্বা য়েংশিন্দুনা ফোঙবা লাইরিক্কি ।

## য়েংশিন্নিগদবা

# ঊতোঙা কুপশুগী অম্মেৎপী

লাকখিবনী পুম্নমকসু
মযাম্না লাক্লবা লম্বেন'থুমক্তদা
নোঙজু ঈনৌ ঈপাক্তুদা।
অকম্লনা মীওইবনা খেন্নতস্রবদা
করিসু খেন্নবা লৈত্রবা ঈপাক্লি— !
( অত্তবু ) লাঙবনগী নোঙনা চি-শল্লক্লবদা
ঈপাকতু অস্থম'স্থম ময়াং কংলক্লবদা
চাকখাও চাউথোক্লবা,
মমিৎ যেরুম, মযা শিংজং
কলিগী হিংচা'চৌবশিংহুনা
চিংশিল্লকই মচা'চাশিংতবু — য়োংচাবীগুম্।
লম্বেন্না থুক্তিল্লক্লনদা, শুভম চৎফম থংঙকত্রবদা,
মপাঙ্গল কল্লবা, থাউবেক কারবা,
ঙাজাওশিংহু —
অফং'ফং চাবগা ঙাখাশি হু
হাপ্লহুনা মশাঙ্গল'বৌশিং মথং মথং
কক্টিদা চোং-চোঙহুনা লাম্নোকখি
অখি৲বা ঙা-পলশিংহু অকম্লনা ।
ময়াঙ ৫ং-কঙলবা জানিখানাশি'হু
কঙবা কৌখি ঈরোয় খোঙগুলদা।
লোয়্নন — চাম্লবা মরূপ ঙাখা ময়ামহু
অঙম'ঙম মাইগৈ মাইগৈ চেন্নরবদা
চেনশিনখি পুল্লপ'লপ, শেম্বাইবগী

মথা লাওরবা উতোঙ লুজাউহুদা।
লৈয়েং ফাখি নংদে অয়ো হায়বা
লৈখিদে রাকৎ'ই
ক্রেম ক্রেম লাউনা ফোরফাওবা
শারবা কালেনগী মুংশাহুদা—
পূমলিংমলি কংখি মশাহু পথরহুনা
তৌরিবমখৈ য়ারে হায়রহুনা,
অমুক তিংথোকপী ঈশিংদা, অমুক চামথোকপী,
অমুক হাপ্লগা দেক্কী শুম্মলদা
কোম্বাং হাপ্পা বোংশুক্লা শুখি মশিং নাইদনা।
করিস্নু হায়বা তাবিখিদে
করিস্নু রাকৎপা লৌবিখিদে
ওসিগী লাইরবা শুননবা ইনাথুনবগী য়োংশুকশুন্না।
মওং'রিন নাইদনা কুপশু শারন্দা
মাওবী রাপী উতোঙ অনৌবহুদা
মনম মুংশিননবা
মীয়াম পায়নবা
থাউনম কাননবা
অফবনী হায়ননবা
হাপ্পহুনা মনম মুংশি'শিরবা উনা শিংনা
লৈতেম মাননবা উতোঙমমুংদা
মনম মুংশিননবগী হায়বহুনা
তৌরিবমখৈ য়ারে থল্লদুনা
( অদুদগী )
নৈহৎলবা ই-তোঙ-শাক-ভাক ময়ামদু
থম্লগা থা-থরা কাম্বাগী আয়ি'বদা
অম'ম থুগাইরদুনা পুকংবগী
লাইথুং পক্লবা মতৈ'মনাউনা

নোঙচুপকী বিলাতী আলুশিংদু ফুৎলদুনা
নোয়র'রদুনা পিরি পিরি
হরাওনা লেকই শৎ- শৎ
থারবা শাংলবা মরৈশিংদুনা
তৌরিবমখৈ যাবে নিংলদুনা ॥

অদুগা .
পোথায়রক্লবদা অশোন'না ময়ামগী
উফল শাখ্রবা শরু - গারু ময়ামশিংদুনা
এতোম বোমগুম্না ?
লেংঙন শাজমদবা ময়ামদু
শিরমদাইগী লুমিৎ মশিং থিরি,
খরাংতা চঙগদৌবা পোচং পারি
থরায় ময়াম্না শাবা "উতোঙা কুপত্তগী
অম্মেৎপী" কয়া চাব চারদুনা
থার থারবা মরৈশিংদুনা
হজিন'জিন লেক্র- লেক্রদুনা ॥

—:※:—

## থম্বালমনা নোঙগাখিবা নিংশিংলুবদা

রারৌরক্ল - "থম্বালম"-
নংবু নি শিংবিদে
শোন্নবিদে, শিংথাবিদে,
কৎথোকপা নংগি
মত্তিক চাব্রবা কবি ॥
টিক-লাওনা গুররি থম্মোয় লখাদ খুতুম্না

ইকাইখুম্নজনিংই মখোয়গী নিংশিংলুবগা।
থোইবী, জয়মতী, কনকলতা, সীতা, সাবিত্রী,
মহেল্লি'হেন্নি কৎথোকপা নংগি
মিংলুদা থম্বীরবা ছবি ॥
য়ারৌরুন্নু - "থম্বালম্নু"
নংবু নিংশিংবিদে
থাগৎলি'গৎলি নোঙ্গারকপা নংগি
ইতিহাসদা থাঙ্গৎপিরবা য়ারি ॥
( অতুবু )
হংনিংই তৎতনা, থাগৎলবা য়াহৈনা,
করম্না থৈথিবগে, নশাবীগি মুংশিবা ?
তরাগি য়াইফনবা নশাবু কৎথোকপা
নরৈবাক নিংগদী অত্তাংবনী নংগুদী;
নোঙশা চমুনী থম্বালমু নহাক
লাখা মৈতৈচনুগী মহুৎদা"—
য়ারৌরুন্নু - "থম্বালম্নু"—
নংবু নিংশিংবিদে
ক্রোশদা শিরবা খৃষ্টনদি, তোম্র-তাববগীনি
লাউরম্নগা— নংদি কবিগি লাউবমদে ?
তাইবংগী মাকোঙদা য়ৈহন্দে ?
চাংদমনিংদে — চাংদমনিংদে
জালিয়ানৱালাবাগতা শিথিবা
তাইবং ঈথৌরবা চমুরাশিংগা
মথোয়দা'থোযদা কৎথোকপা নংগি
পাউজেল হৈত্রিবা পাউমী ॥
য়ারৌরুন্নু—"থম্বালম্নু"—
নিংশিংবিদে নংবু—
ঈনৌরবা ঈশাক্তা

শিংথাননবা লাকলি নংবু—
শক্ল--শোল্লগদৌরি নগুণতবু
লাইনৌ তাবা মাইবী
শিগ্বা থুংনা মালেম অতিয়া,
পৃথিবীগি অয়াং'শা ঙ্গংশিংতা
চিদাইগী নৌছৌনবা কবি ॥

— × × × —

( "শবৎকী ঈচেল" মেগাজিন, ত্রিপুরাদা ফোঙখৎবা )

## "চাবান চাবান চাবান"

চৌজিকী চাবান-চাবা লাঙ্গশিংদা
ঐহাক চাবান-থাবা হৈ—'
পোৎচং—চৈচংতবু শুনা ফংলবদি
অনাবা চাগে চাসগু
নত্রগা
চাবান চাগে চাসগু
চাম্লিংবতা চাবিখো
( অহুবু )
ঐবুতদি থরনি চাবিথিহু ।
লৈবাক-নিংথৌ, মণ-ব্রাহ্মন, লাইরিক-অমাং
ওইনিংবা মওংদা ওইখ্রসহু —
( মচুনা ) ঐঙোন্দগিবু
থায়দোকখিগদবা করি লৈবগে ?
ঐনা শাজরিবা মিবাং মহুমশিমক
মীচমশিংনা তমা থংজরোইদ্রবা
চম্মরবা পোচৎ ওক্তনি,
শাইরকী মিত্রংওঙ্গবা মিরাং মহুমনি ।

অতুবু—,
ঐখোয়স্ম খংদবদি নত্তে, ফজনা খংই
ঐখোয়গী জগোই সাথেকশিং অসিমক
পুনসিগী ভকশং-ভাংবা বাল্লভ হাপ্পা
স্নইজবোর্দকী স্নইজ অতুমক্তি
( অতুনা ) কান্নদে হে— মী-নিংথৌ
চাবানগী থোঙদা পিজব য়াবা

—চান্নিংবা—

চেং-চেম্বাক, খা-ডা; শেন থুম ,

—শোৎনিংবা—

ফিহেন—ফিগে – ফিদক –
নান্নিংতম্না শেংহৌরো চাহৌরো ;
অতুদগী –,
কঙ্কালগী নখুৎ-ইথুৎশিং অসিনা

শুপ্পার পায়শিন্দুনা ম্মেৎশি
মুক্তাঙা মথিবোঙ ম্মেৎপগুম !

লৈবাক্কী লৈত' লাইরা খোঙতেক মিতাংপুম্বা
উতোঙাগা মোবোক্কা অম্মেৎপগুম ।
অতুগা শহরগী পাক্লবা কাংকুত লম্বেনতুদা
কজরবা ফিয়েট অতুগী ওই-ম্মেৎতা ফম্নগা
মেমসাহেবশিংগা মদোমতা কাউজখিপোৎনি ,
নত্রগা, লাইরবগী ই-তোঙ শরু-ডারুনা
পুনশিন্নগা শাবা দালানশিংগী কাচিন'মদা
মংঙাক্লবা তম্নুরবস্ম অম্মহানি – ,
হিংনিংবগী লাম্লননা লাইশক খংত্রব মতমসিদা
লৈবাক খুন্নাইগী হৌরলোনচংনা লৈখাত্তারব ত্তাঙ্গাসিদা
মাইব-শাবা যারি, হীদাক চাবান কান্নরি
থৌরম খুদিংদা "চাবান থমশি চাবান" ।

ঐখোয়গি - '
মুং-লৈভোয় সিমেন্টগা, ঈশিংগা,
মুংশিননা - চেক্কেং কোনশিন্নখিবদা
ওইরকপা নাল্ল'ল্লবা নোরোক কোমগী
খোঙজিন খোঙজিন্দা
নোরোক শেপ্পা ইরৈবাক মচাশিংগী
খোঙনাও খোঙজিন্দা
ঐখোয়গুম্বা লল্লাইপ্রেমী, চাবানপ্রেমী-শিংগী
শিরমদাইগী চাল্লামর্ত্তা ওাইরবা খায়াত্তা

- চাবান থাশি -

" চাবান + চাবান + চাবান "

— x —

( " খোরিবোলগী কাছাড় সোনাইগী মীফমদা পাথোকপ্লবা )

## "হোরাঙ"

হঙ্গং'ঙ্গা হঙ্গং'ঙ্গা
লেনবদা হালেংত্রবা
কৈনা-য়ুংনা, উপ্পা-লোঙনা, চেপ্পা
মফম'রাং খংদনা
মাইগে শপ্পাই নাইদনা
মখিবোঙ'রিন থোকনা
লেম্বুংপা ওমবা, ভাংথোকপা হৈবা,
খৌনোম্বা পাবরা
মী-হোবায়-ওক্তনা থল্লে, মীকোনবু'সিদা !
মখোয়দি—,
চীক-ই অফংবদা হ-কানবা
শিং-দোকই লম্বন এর্পোচুমিই ওইরম্ম
ভাংথোকই রাজনা নিঙাক নিংভাকপদা

যেংথিহল্লি শেমজিন শাজিন্নুনা
খোম্মী মীচঙ চৈতত্ত্বনা।
( অঙ্গদগী শায়োবা ভম্মী মখোয়দি )
পোইন্নুগী লৌচিদা, শক্তিবুগী কোয়াদা,
বুম বুম নোয়-নোয় লাউরবা
মুন্নরং তৌবা উচি পুকচোনবগুম
লেন-লী লাইরবশিংগী ফুরিংথাও
কে + কু, কে + কু।

— + + + + —

চাকতা তোংপা উচি হীদাক
বেঙ্গল কর্মকাবগী য়োংকী উচিলাং
মৈনম মিস্ত্রীগি রাগী হাইগং-লাং
ইন্দোন লাইরবী লুখ্রাবীনা যোকচবা
চরাম' দংনবা হৌদোং যাঙ্গংবহুনা
লুশমদা তাপ পায়রকপদা
মণ্ডদো অমুক মঙফাওনরোয় হায়বা
মখোয়দি ভুপ্পা কাউথোকই,
চংনবী ঈরৈদা "তোবাব" শুব্রশিংগী॥

— × × —

( মতমগী ভুমিংলৈ মেগাজিনদা কোংগ্রবা )

---

## "ঐ কৃষ্ণ শাগে তৌরি

আসাম এসেমব্লীগি চহি মঙা'ভাগী রাসলীলাসিদা
হন্দক, ঐহাক কৃষ্ণ শাগে তৌরি।
মতিক চাব'চাদবা, জগোই তান-চাবগ'রদবা
হয়েং ঐবু কৃষ্ণ ওইহল্লগা থংনরসি।
চাউরকপদগী ভসিকাওবা লমাই থবক'মা পাক্তরি
মথল'থেলগী ললোন্'নতিক তৌজরি—

মতম ফংবদা মীওোন্দগি লোন্না'ন্না কোৎথোকচবা
ঐগী শরুক মীগি শরুক
শরুক + শরুক । ঐদি কান্নাগিসু খল্লুদে,
ঐগী কান্নবা নত্তনা !
লৈবাক মীযামতু ফিভম কায়না ময়াঙ কংখ্রবসু
য়াঙলেন শরু — থরক্কী শরু — থোকপমথৈ কংখ্রসনু
ঐবুনা কৃষ্ণ ওইহল্লবদি ঙাকপিগনী অরা'নাদগী
মতমত্তদদি ঐহাক লাই ওইববনীনা ময়ামসু
থাজফম থোকই । হৌজিক মায়াম্না মাইগৈ'ইগৈদগী
ঐবুদি যাবত্তনা হায়বনে, হন্দক নহাক কৃষ্ণ শাওঁ
নং কৃষ্ণ শাওঁ. ন' কৃষ্ণ শাওঁ
নংদি লৈত-লাইবদগী শেনচাবা নিংথিনা হৈরবনে,
নংনাব কৃষ্ণ ওইবা ঙম্রবদি,পকচখ্রনিদা — ,
নশা-নউ ফবে নবুকসু নোয়থোক্লে, নযুম''ক ফরে,
অত্তনা নং লাই ওইববনীনা, উবনি লোবোন পুম্বা
ধরা-নে চড'-নে, মাযথাঙ-নে ফিভম-নে মথেক
কযাগী নাথেকতা শুজ'-নোমজত্তনা চাজবশিংগী থম্মোয় হুরত্তনা
ফংবা যায় রাখল-তৌ লাইবৈবাক্কী শিক্ষামন্ত্রীগি
যমত্ত । অত্তদগী — মখোযগী স্নাশাঙ্গায়ত্তদা লৈরত্তনা
বাঁশীগি খোঙ্গেলদা আদাংবা মহিগী মী উশিৎতবা
থৌওংদা । নিংউ'-নিংউবা গোপীশিংগী জগোই সাথেকতা
নহাক্না মুখাইগদোব', শেমগং শাগৎহৌগদব।
ওঃ কয়াদা মুঙাইগদৌরবা থৌদাংনো ?
( অত্তবু ) ঐদি কনাগিসু থবক অমত্তা শুজিনে —
শুপ্পা ইশাগী কান্নবগীদমক, ইকাই খংদনা
থৌফংদ্রবা চবাম্নবা কলিগী নহাময়ামদগী

অযাঁয়াবা লৌরগা, শারঙ মনুংদা থোকপা
নোংশা – কৈ, লুই - সমলুই লংজাশিংগী খাযাত্তা
থক – খা খংদনা চেনচং চংনা ইন্‌বিবয়গা
মপাঙ্গন শুপ্না লৈজত্রবা শোন্ন'ল্লবা চিঞ্জাক
ভান্ন, খুন্ন, ভা, খা, যেন হান্মংগী মশা'চেংশিংতব্
অতুদা থোমজিনহৌবা তৌকম খংত্রবশিংগী ই-তোঙশিংদুনা
কৃষ্ণ শাগে হোৎনবিবনী ঐহাক, কৃষ্ণ।
ঐ কৃষ্ণ শাগদৌবি কৃষ্ণ।
— হোঃ তাদো – হোঃ মামো, খুডা, ইচিন'নাউ
কবি হায়গে যান্না ফংত্রবনে ?
ঐহাক্না খেৎত্রাযদগী থরবু হেনত্রনে ?
ঐগুম্না কৃষ্ণ শান্নিবা লুচিংবশিংদগী।
অতুগা অমদি লৈ —
'ঐবু ফংতে হাযবা মীতুদি শাউনিংই হেকৃতা
ঐবু কৈ থাগৎপা মীতুদি পীজৈ অবৈ'বৈবা হেকতা।
ঐগী শকওই চাদবা, মীনা লুংশিদবা, করিম্ন থল্ল্‌দে
ইকাইববু হেকতা তুংইনবগা লোয়রে থন্দোকই।
অতুগা – অমরোমদনা ফনবু যেংবা মুঙায় —
মথিক নেশা, মবুক মথা ফন্না, চীং-খণ লাবা কয়া
ফেঙলী তেল্ল'ল্লবা অপঙবা মচিশিংত্তু
মবৈকাইগা, মশাগৈগী, অন্নকপদা লৈবা উবুঙশিংদা
কৃষ্ণ শাননবগী মহৈ হাংশা মকন্থা চাউবা মীতৈ তৈ
ঐগুম্না কৃষ্ণ শান্নিংবা, লাইওইনিংবা মীতৈ'তৈ,
চহি মস্তা'ভাগী আসাম এসেমব্লাগি ভগোৎদাদা।
(থজিক্কা ওইববমু হেৎপ্রবনে মখোয়দগীদি ঐনা)
ঐহাক শোয়দনা কৃষ্ণ শাদৌরি আজ্ঞা

জগোইগী মুমিৎ তেক্ তমখিবদা – ,
লাক্লবা কম্ল-নবা কাং-হৈরক্কী যুবীশিংদ্
ভসিদগী থুম-থাও তৈব'রদুনা "মন" তমজাবি
ইকাই'-কি থাদোক্তুনা। ঐ কৃষ্ণ শাদৌবি।
কবিসু রাবিন্দ্রনু লৈবাক মীয়াম্না ঐগীদমক
লাইবৈবাক্কী লাইজাওখুদিংদা চংতুনা রানোম্বা হৈরে—
নোঙচুপকী মবিন কুল্ল'ল্লবা, লৌরোন হৈর রবা,
কৃষ্ণশিংগী তুংইম্বা হৈবে, খাও যাম্লদুনা থাউদারোইগুম।
কবিগুম্বা ঐনা তশেংনা কৃষ্ণ ওইবা ঙম্লবদি
শান্তোমতা নত্তে, গোপীশিংতা নত্তে ভবানগদবসি,
শমাহৌনি আরোম্লন' যুমইঙ্খোল যাইকৈকোন
শোন্দনা 'ইগনি ঐহাক নিকপ'মদং ওইববসু মন্ত্রীফম
এনারবসু অহম্বা, শিট-শিট লাইট আঙাংবা থাম্বা
ইলাই'শন পর্নল সি, আর, পি, গী স্কোরাড
অফবা গাবচা, ফজবা খিজেত, নিংখিবা গেইট
মীয়ামা তুংতুনা ঐগী মি.থৈ, শ্লোগান, খবর-চে
শু-শুঃ হিংবগী কযাদা মতয় য়াম্লগদৌবা পুন্সি।
করম্বা মীনা, কানানা কৃষ্ণ শাল্লিংলোযদবগে ?
মোম শম্মাগী অথম্বা চফুগী তনমচেতশিদ্ চাদুনাওইরবস্
শাজনা পাম্বীগি নগা'তোংনা তোত্তদুনা ওইরবসু,
লৈবাক মীযাম পুম্বা ভাবিযু
ঐ কৃষ্ণ শাদৌরি। কাগি-জোগাই নচ্চদে
শোযদনা কুমশিসি – "ঐ কৃষ্ণ শাদৌরি"

— : ✳ : —

## "অশোনবগী পঙ্গুংফম"

হোটেল বেম্পিভিউগী, চিল্লব চেকচপ্পা
শ্বা-কক্ থাডফম খুদাদগী
মীনাই অহোডবা মঙ্গিবামগী
লক্ষীপুর থাঙপাক্লা হাইগংখি ভৈদা
শিবমদায় খোঙ্গাওদা নাম্পোকচরকপা
থাওবেক কাববা য়েনবা মা ,
চংজফম ফংজখি—
গাক্রমিয়া দালানগী 'তেকপা উপুগী মচি'মদা ।
চংজফম ফংলবস্নু, চাঙফন ফংখিদে,
ব্লাকংচখি খাক-লাউন।
অযুকতগী লুংখিল থাওন ।
নু-যোংকী মীন্নু শিনি ,
পু-কংবা শেম্নাইবশিংগী থোবাংদু
অতুবু 'চবামক্তি শিংখিদে
নুখাক-চকোম ওইবস্নু ।
নোমবা কংজবা মহৌশানা ॥
( মথংদা ) মপুক শাযতুনা মরাওজে - '
চিঙ্গাক ! চিঙ্গাক ! চিঙ্গাক !
তৌফম থংদ্রবা মহাক্লা
মপুক-চাক খজিক ফংননবা
মশিং নাইদনা হোংনজে
দালানগী ইশ্নু'দা চংনবা ।
অতুবু চিঙ্গাকী মহুত্তা চৈরাক

তল্লহ্না যেনবা-ন লেপ্পা মমঙ মংজখি,
কৈদৌঙৈবু চংজবা, মপুক থম্না চাজবা ।
নিংবা কাযববা যেনবাদো
নোঙমদি তশেংনা চঙ্জব ফংজখি,
ডাইনিং টেবুলগী ডৌশোক'বা ফিদামথক্তা
মপুক থন্না চাকননবগী ব্লাখলদা
তৌই গুম্বসুং—
চিঙ্গাক চাকবগী মভ্তা
অত্তবশিংগী চানবা চিঙ্গাবত্নম
মওইননা ॥

— x x x —

( খোনিংথোল মেগাজিন্দা ফোঙখ্রবা ( লক্ষীপুব কাছাব )

## "স্বর্গ টু নোরোক"

(১)

অচৌ'চৌবা মবকাবগী বাবু
পাক-চাউববা ফ্রেট বাংলো
মশিং অবিকপা মীচং
অহাও'হাওবা চাক্চা
ফজ-ফজবা অথেন-পোৎ
লিরোল্লবা প্রোগ্রাম
ফিয়েট কারগী জরনী
ওর্ডালিশিংগী চরাং-মশা
মশিং নাইত্রবা পাউখুম

ইয়েজ-সাব, ইয়েজ-সাব ।

(২)

য়াইমবল্লা সরকারগী অফিসার,
পিকতক মনতকপা
আসাম টাইপকী কোর্টার
প্লেইনিংদগী খজিক হেন্না মচাশিং
নাকোইননা সিধা চাবা
ফলগা মচং, ফংদ্রগা পংচা
মখা থাবদা কৌগন্বা
থবক অচিন্বতা শাগন্বা
থৈদোক জিন হেগন্বা ।

(৩)

অফিস কযাগী বর-বাবু
চায়াম পোকপা, মীয়াম চাবা
থবক হৈবা, মচিকাবা অরিবা,
পিকতক চেংতকপা যুম
অফিসারগী হঞ্জিন'ঞ্জিন কৌনফম
অফং-অফংবা লোগন্বা
নিবদা কবি হাল্লেংদবা
অফিসারনা কৌবা-হাযবখুদিংদা
হাঃ-সাব, ইয়েজ-সাব
সাব-সাব, ফনি-সাব

(৪)

অচৌবশিংগী শাদোং শেন্বা ড্রাইভর
পিশক-পিকপা থুংদ নমদ্রবা যুম
মশিং থিঙমদা মচা-মশুশিং
ফৈনা খুংনা তুন্বা শঙ

নাথৈব' ওম্মীমখৈ কোমজবা
অাচৌবশিংগী লোয়না মরূপ অপিবপা ।
যাথং ভাইবনা মথৌদাং ওইবা

(৫)

তোনবদগী তোল্লবা অফিস পিয়ন
ফংফম তাংবল শরুক-খংবিদ্রবা
সরকারগী ক্লোটার ফংজদ্রবা
ময়ামগী থৌদানফম পিয়ন
চা ক্বা, ওম্মু, ঈশিং পুররুবা পিয়ন
থা-শায় কোন্নদ্রবা তোঙ্খাপ
নিজবা-তন্দ্রগা হিংজবা থরায
মীযামগী চৈনফম পিযন-পিযন ॥

(৬)

( অরোইবদা ) অফিসগী থাঙশংবা চৌকিদার
শঙনপ পানখন্দা লৈগন্বা
মচা যাঙ্গোন পোকম্বা
তুমনম চাকশং খাযদবা
খেৎরাযদগী তম্না হিংজবা
অহিং তুমদনা শংগনবা
অচায'বম শিতোক শে'দোকম্বা
মীযামগী কাঙদ্রুম ওইগম্বা
অচৌবশি'গী থৌদানফম অপিকপা
থরাক্পগা—থরাযগা কবিস্থ খেন্নদ্রবা
অচৌবশি না লেম্মগা চাবা, লেমদ্রগা তোকপা
মশাগী কবিমত্তা শেমজবা ওমদবা
নোংমগী পুবকপনা নোংমগী চাবা
হোৎনগে খন্দবা, মবাযবক্তা তায়নগম্বা ॥

(৭)

লাও নাচম প্রজা লাও—
কুম্মৈ য়েংশি লাও—
তাইনন্নুসি ইবাইক'রাইবকঙক্কদা
মখোযগিনা স্বর্গনি, ঐখোযগিনা নোবোকনি,
পুন্নমকস্ন হোৎনবগী মখাপোন্‌বঙক্তনি।
—লাও মীচম প্রজা লাও -
কুম্মৈ য়েংশি লাও—
ঙসি ঐখোযগী থুন্নাইদা
অকৎ'তোঃ অফা-ফত্তা শেম্বা
অনোয়বা নোংদম্বশিংত্থ য়েংশি লাও—
অসিনি ঐখোয় খুন্নাইগী চৎনবী
অসিনি অকম্বনা, অশোম্বদা নোমথবা
লৈতে খেন্নবা কয়া
রাশিয়া, চীন, ভিয়েৎনামদা
অচৌ-মচাপুম্বা মীদি মীওক্ননি।
(অত্থবু) শিরগা উগনি হাযনবা
রাখলগী স্বর্গ নোবোকশিংত্থ
মিৎ-থিৎনা য়েংবিযু ঙসিগী তাইব.দা
আঃ তু-তুঃ
চৎনবিবসি "স্বর্গ টু নোরোক" লমদাংদা॥

— × × × —

## "হিংননবা হিংননবা হিংননবা"

ঐখোযগী হিংননবা, হিংননবা,
ঐখোযগী মাংদনবা, মাংদনবা,

থবক ফংদবশিংগী অৱাক্ষ্বা, পোৎলুম
কোক্লনবা, কোক্লনবা, কোক্লনবা
ঐখোয় চৎথজগে থৌবাংজরি
ৰিভোলিউশন, ৰিভোলিউশন,
হিংনবা হিংনবা, হিংনবা, ॥
থবক ফংননবা থবক থারুবা
লুপ্পা খংদে মতিক চাদবা,
খংই –, ফংনিংলবদি –
শেন + শেন + শেন্
হিংনবা, হিংনবা, হিংনবা ।
চযাম পোকপা চাউতোন্হু
থবক্কগী পোথাগদৌবা, চয়োল'মা ফারকত্রবদা ,
ৱা - তান্নজে মনা'চা মচিন'নাউ পুন্নগা ।
বাবাগী থবক'সিগী মীহুৎনা লৌরবদি
ঐখোযগী থবাক নযাম'সিবু হিংবতাববদি
থৌফংদবগী থবক মহুৎ ফংগে খল্লবদি
বাবাগী মঙঙকশম ঙ্মেৎতুনা হাংপা তায
অতুওইববদি থবক মহুৎ মা ফংবা যায়
ঐখোযগী যুম'সিস্থ হিংবা যায়
হিংননবা + হিংননবা + হিংননবা
আনিংবা মঙংদা পা'থোকচৈ মখোয়হু
হিংনিংবগী ঈখৌববা চাউতোনগী মচাশি হু !
( অতুন ) লালহৌদি লেপ্পলৈতে মখোয়'শেনতা ওইববস্থু
হাযজরুই মমানা থবক অমদং পিবিউ
মপাবুংগী থবক মহুৎনি লৌবিউ
লৈহৌরবা থবায়'য়ামযশি হিংননবা
চৈয়োল'মগী মনুংদা শিরগদ্রা নিংলমবা

থৱায়শিংছু পাংখোবকখি মমিং লাউনা
মীয়াই অচাম্বা অচৌবশিংছু
কোংলকই জগোই মখল'থেল কয়া
মনিংথোঙগী মপুনশিংছুগী ৱাখলদা
চেকয়ুম - শাননবা, শাননবা, শাননবা, ।
অসোমদনা—, হিংনবা, হিংনবা, হিংনবা ।
অছুদগী— হৎখিরম্মী অরৈবা মপুশিংছুনা
থবকতগী পোথাগদবা চয়োল'মা মন্নাংদা
নখোইগী বাবানা লৈখিত্রবনীনা
ঐখোয়গী পথাপ - তুংইন্না পিবগনি থবক'মা
অদুবু কবম্বা নচাদা পিয়ু হায়বগে ?
করম্বা নচানা লাইরিক কয়া লৈবগে ?
চাউতোনগী তাস্রোয়না পাউখুমশুখি—
ইচাম্‌পা অহলনা তকক শুবা,
য়াইমনা মঙাশুবা অতোনবনা নিপালশুবা,
ৱাফমশিংছু তাবগা পাউখুমশুখি—
মীয়াই অচাম্বশিংছুনা, মোমোল্লবা মায়খো না ।
থবক অমত্তা পিফত্রে, মতিকচাবা'মা য়াওরমত্রে,
( অসোমদা ) মতিকচাদ্রবা চাউতোনগী মচাশিংছু
অমনা হায় অমদা পিখিয়ু
অতৈনা হায় মখোয়দ পিখিয়ু
মখোয়'খোয়ত্তা লালহৌই লাম্মেংনৈ
হিংননবা + হিংননবা + হিংননবা ।
অসোমদা—'
থনকম থংত্রবা চাউতোনগী তাস্রোয় সখীমা
কপচখি — শকথিচপত্তুনা হাংখ্রবা
মপুরোইবা চাউতোনবু কৌরছুনা ।

থবক ফংনদবগী অহাবনা
নহুৎকী থবক অমা -ফংননবা হোৎনকুবদা
নচা ময়াম লালহোরে, থাম্বী মৈহোরে ঐগী ইমুং,
মচেত'চেত শেংনরে করি থোক্লবা থ দরে
নহাকপুম্ন মাংজরে, ঐখোয়পুম্নম্ন মাংগদৌরে,
অরাম্বপুম্বা খংজরে, লৌরোনপুম্বা উজারে
ওইরে ঐখোয়দি "কাঙখামাং খুজায় কায়" হায়বহ্ন ।
খংজরে, মতীকচাবা মীত্তই
মতীকচাবা শুভম থৌরম শেমগৎতনা
ওসিগী লৈবাক কয়াগী লালহোগুম
মীতোপ্পা লৈহ্নবা রারিবনী খনবগী মহুবা
"সারভাইবল উইলবি দি ফিটেষ্ট"
মমা'মত্তনা পোকপা মচা ওইরবসু
ফ লমদাইদা যেংথিনৈ, শেংনৈ,
হিংননবা, হিংননবা, হিংননবা ॥

—: ※ :—

## "লমজিং থৌবা ইরাবত"

(নেঙগাপ্রব জননেতা হিজম ইরাবত সিংহ নিংশিংনুবদা ইজবা)
লমজিং'থৌবা হে , ইরাবত—,
হৌজিক নংবু অমুক তুমহল্লরোই ।
কননা হায়রিবনো নহাক শিখে, ?
নহাকী ই-তোংনা করিগুম্বা তিনখ্রবসু
মালেম ইমাগী থম্মোয়সু দা,
অহু ওইরবসু—,
ঐখোয়না হায়গনি—নত্তে'ত্তে,
নহাক শুপ্পা শিল্লি

মৃত্যুঞ্জয়গী নহাক
পৎত - পুমড্রবা 'মনিনী" নহাক
চহি লিশিং কয়া লৈদ্রু, চদ্রবা
অবংবা সানা মাচৎনি নহাক।
অঃ— কয়াদা লংথুবা ই মচুগী মঙালনো।
লমজিং'থৌবা হে—, ইবাবত—,
হৌজিক নংবু অমুক তুমহল্লরোই।
মশিং লৈতনা ওৎপি—লৈবিববা
মনি থুংজবগী য়াংমদা লৈববা
লাইরবা লৌমী—শিনমী কয়া
লাকলে লানগুম ফিবাল পায়রতনা
ই-মচুগী ফিবাল কয়ানা লৈত্রে'তুনা
নংগী য়াকৎ খোল্লাওগী খোঞ্জেলদা
নংগী লালহৌগি খোঙলৈদা
থক'ক নিকপগুম পৃথি-শোবাবেন।
নংগী লালহৌগি নোঙশা লাল্লাউদা
শাংকাযুখি খংহৌদনা, মাংশোক্তী
হুমিৎ-লৈ, "জবাকুসুম" লৈবাং পুম্বা
লৈরক'কায়গী লম্বেল মচি কয়াদা
শহব খুঙ্গংগী মফম'ফমদা,
অতুগুম্বা লৈবাংশিং কযাতবু হেক্লগা
যুম্বীবেন নহা লিশিং কয়ানা শেমজবা
মাযথিখিদ্রবা নহাক্তী মোঙফমদা
লাকলি কংলুননবা হবা-লৈবাং
লাকলি ঐখোয়'যাম নংবু হৌদোক্লবা
লমজিং'থৌবা হে—, ইবাবত—,
হৌজিক ঐখোয়না নবু অমুক তুমহল্লরোই॥

—:※:—

# চরুকোক্লা কুপ্পা য়ুম

য়ুমথংনবগী
য়ুমলোন মথোন কয়াদগী
চাইথরকপা নোঙগী
লাইজ মপৈ মপৈ কযানা
ঐথোয় পাবনা
"চরুকোক্লা"
নমকুপ কুপ্পা য়ুমগী
য়াঙলেন ফাওবত্তুনা,— ইথক্তা হেক তারকপদা
ফুক-চৌগৎতুনা ফম্মী, শাত্তিন লেগাইবত্তু পায়রগা ;
( অতুদগী ) নিংশিংই থম্মোযদা মথং মথং থংহৌদনা
আকাশী গন্না, বিদন বিশপকী প্রাকৃতিগী থুংশেম
ঈশিং-চাইবীশিংত্থু—
মীওইবগী থুংশেমগী ঈশিং-চাইবীরক্তা ।
ঈ'কায়বা সমুদ্রগুম
ঈ'হৌই থম্মোয়দা — য়াহং কয়াগী ঈথক ;
( অত্থু ) ঈ'ত্তোববা তু-থোঙগী ঈচেলশিংত্থু
তবায়না য়োংশিনখি সমুদ্রগী থায়াত্তা ।
নোঙজু থাগী নোঙরিক্লা
য়াকচীং থাগী নৈশচিন নোংফাই মরিক্লা
ঐথায়-পুম্বা চোংলত্তুনা তুম্ব-হিপ্পা চংদবগী
নিঙমদবা, লালহৌবা, য়া'হ কয়াম্থু
তরায়না নৈহৎপিখি দালান মথোন কয়াদগী
ঐথোয়বু তান্‌থোকশি থম্বা য়াহে ময়ামশিংনা —,
নথোয়গী লাইর—চুদংনবা মপা মচাশিংগে
গুপ্পা থাদোক্কু্না চংনিংদে লমমচেং'সে
থজিক পাকথোক — চাঙথোক হনগে থন্‌ববু দালান সে

মমল—মথা শুপ্পা থিনা—তাংনবরোক্টদবা ঐগোন্দা
লাহান্না বেংক বযাগী লোন্ ওইড়না লৈরবাসিদা।
(অদুবু) মুন্না খম্বকুবগা তংতনা নিংশিংই,
ঐখোয় পাবনা হাযরম্বা ব্রাইহশিংদু
মখোযসে কবি'মত্তা লৈরমদবনী
চংখিবা ইলেক্সন মতুংদগী
ভোট-না শেম্বা ভূতশিংগী মতেংনা
মখোযদা কাতল্লকখিবনি লন্‌গী জোরাব।

— ❋ -

## "ওসিদংদি হিংখিসিবা"

ইস। কযা শাথিনা নাখ্রবা
অদুবু ইমা। "ওসিদংদি হিংখিসিবা"
নিংশিংনুবগ—
চিং-চিং লাউরকই কোকসে
পুন্নম্বা যায ই-চবুল্মা লুখমসে।
মশা চাউবা. মশোই চোম্বা,
বেশন ডুকানগী হিংচাবা
মীনুংশি কংলবা মুপান্থনা
শেং-লাউনা থাখিবা
খুবাক্কী খুবাক।
চেং-থুম, চিনি কেকসিন ফংননবা
লেপ্পুবা পবেংদগী
ইশ্বোক'নসিন তৌনরুবগী
ফংলকপা 'মনা' নি 'মনা'।
হাৎনিংখিবমক্কী ঐবু ডাষ্টবিন্‌গী হয়িংগুম।

মাইগী অমরোমদা— ,
কন্না নোক্‌লি শিথা'থা ।
ঐবু পবেংত্রুদা লেপহল্লিবা
অরেম্বা শেম্বাতনা থক-চাবিবা
শেনফু চীংজাওগী মচাম্নপা
মীরম—মাতম্বান শময়োকপা ।
"হাবিযু ইমা"— ।
চৌত্রীমক ওইরবসু
চান্নিংবা কযা কংথ্রবসু
হুম্মাং মমলনি নাচাগি
লৈমিংলনি শময়োকপা মুপাত্তগি ।
( অতনা ) ওপদন হিংলবদি—
ফকচথ্রুসু হকচাং চত্তুনমা ,
হযেংতগা হিংলবদি—
চুপথ্রবসু হকচাংগী ইখেংপুম্বা ,
তোংনজাগ—
তংচিংকিসু হি ননবা ।
নিংমদে— নিংমদে -
ওসি হয়েং, মশিংথিত্তুনা হিংবা
অর্থ যাওদনা হিংজরিবা
মমল যাওদ্রবা থরায়শিংগীদমক
অদবু—
ইমা "ওসিদংদি হিংখিসিবা"

—: ❋ :—

( N B. কাছাড়গী "ঈচেল" দা কোওখ্রবা )

## "মোঙফম থিবা লাকপা থরায়শিং"

শিলংগী বরাপানীদগি খংহাই হাইগংলকপদা
ওম্রবা চীঙলম্বীদগি হেক ময়াদা
চংপা ওমদদুনা কুল্লবা
ঙৌশোক ঙৌবা, মচি শাংবা,
ময়াং কংবা, মশা চাওবা,
বিহাগগী মণলাবদুনা
কৌরকখি মও'কশুরদুনা ঐঙোন্দা !
"মীশুইবগী মপোকতা পোল্লবা
তম্বা ও ৎে — থম্মোয় চাওরবা
লাকখোবা অমুক্তদি ঐগী ইনাকসিদা
তাবিমুবা মিকুপ'মদং ঐগী তমথিরবা ৱারিশিং"।
লাকচবনী নোঙচুপরোমদগী রেলতোঙদুনা
ঐহাকশুম্রবা মণ-অহল ময়ামগা
(অদুদগী) চীঙলম্বেন অওম্রসিদা
চংম্লকতবনা কৈদৌনুদা চংঙমদ্রে,
শুবলপনা পন্সিচংগা, হাংনা অহল ওইবরে
চংপা শুবা ৱারবদা, চাবা চিলহাও থিরবদা,
ঐগী মপু য়াদবনা থবক কান্নরবোই থন্দুনা
ইনাথম্বনা থম্বা মীনাই অতোংবগুম
অহল মতম ওইরবদা মীমুংশি খংবিদনা থাদোকশগুম;
ওসি ঐবু থাদোরকপনা লমদম অসি য়োরকপগুম
ঐগী মপু য়াদবথোয়দো, শুপ্পা কাউথে ঐচাকপু
ঐনা শোযরম্বা লৌবাক কয়াগী লৌবুকশিং
ঐনা শুমলমথিবা চু-পোং কয়াগী চিনিশিং
ঐনা থারম্বা যৌবুন কয়াগী মাবশিং
শুপ্পা কাউথে মথোয়দি থোদোকপুম্বা

খুপ্না খেন্নবে—ইপাঙ্গল লৈবিডেদা পিজ-পিথকপা
খুপ্না লৈত্র নহা ওইবিডেদা লুনা চান্না তৌবিবা
অসিনি ঙসিগী তাইবংদা মীত্তইবা খবানা চংলিবা
মীনম্বা লৌবোন-লৌদা কযাশিং ।
"খংলে ঙসিগী তাইবং মীওইবা
পুন্সিনা হুমিদাংঙ্বায় ওইরক্লঘদা
লেপ্পিনবা লৈতে কনাস্ত্র, মালেমসিদা
অশোন'নাগী তুংদা মীচং ওইনা ।
শিবা ফাত্তবা শিহন্নিংদে
পোক্লফম লমদমগী লৈমাযদা ।
চহি খবদ'গা হিংলগা
লৈঙ্গনিংবব্ যাদবাখায শঙ্গোলগী ষণকোক ওইনা
শিবামক তাববস্থ তিনজনিংবনী হকচাংসে
পোক্লফম লমদমগী লৈবাকসিদা ।
অতুশিংগী মত্তত্রা থাবিবক্লে ঐহাকপু
চংলিবসিনা হেক খঙ্বা মফমদা
হুমিং নিনিঙ্গুম হিংলগা,
চয়োলগী সানাকৈথেল নুমিত্তা
নমজা'থেক্লা পোখাহনগদোবা মীওইশিংগী খুবাক্তা
মশিং নাইদ্রবা হকচাং মংচত কযা তাহল্লগা
কৈথেল লুকমায় মচিদা তোংহনা
যুমলোন কযা কোয়হনা
থাম্বী মৈশা লাংলগা
লাইগী খুয়া তান্নুচো ।
লম্মাই মোঙফম থিরুচো ।
"হে থম্মোয় চাওরবা তম্ব ও—,
লাইবক থিববা ঐখোয়গীয়ম্নিসে

লিবিউ তাইবংগী মীমুংশি খংবা মীয়ামদা
প'না পানবা তাইবংসিদা
লৈতমাল্লে কনাম্ব অশোনববু মুংশিবা ।

-:※:-

## চোকথরবা খোঞ্জেলহুনা

(নোংগাঞবা লাইঞম গোপাল সিংহ নিংশিংবা ওইনা ইবা)

নহাক্কী– "চোকথরবা খোঞ্জেলহুনা"
ঐহাক্কী - নাকোঙদা নাহ হেনা
হায়রম্বা রাহৈ–.
তুমথরমদায় হেক মমাং-মক্তদা
'নহাক্কী তৌবিমল কয়াবু
কয়া কাউসিগে ঐনা" ।
ঙসিম্ব ফোঙ'ঙ শানা নিংশিং-ই ঐনা
ইরুক-নক্লা থম্মোয় শোক্লা ।
চুখী অসিগুম্বা খোরমসিদা
মীয়াম্না কপনৈ থম্মোয় শোক্লা ,
নহাক্কী মীয়াম্না তেংথানা কমম্ব
ঐহাক্কী মীংল্লুদা পীরাংনা ঈ-হৌবম্ব
তশেংবমক্কী "নংগীদমক্তা"
নহাক কায়নবগী মিকুপশুদা ।
অওইবমক্কী "মখোয়গীদমক্তা"
নহাক্কী লৈহৌরবা থরায়শিংগীদমক্তা
নহাক্কীদমক্তা– মখোয়গীদমক্তা ঐখোয়গীদমক্তা – ।
হোঃ- লনগৈ লম্মাংনরবা
নংদি চোকথরহুনা হুপ্তাইনা তুমথরে

পলেম ইমাগী তম্পাক্তা !
—থংই, মীপুম্বনম্ থংই—
পুনসিদা অমুক তুমথবা ছায়বসি
কায়ফত্রবা মীত্তইবগী হৌনশানি,।
(অম্বু) তে হৌনশা থৌশিন্বা মপু
অসিন্না ? নংগী নোংদমখোন
অফবা মীবু পুম্বনা মিতায় ছায়বত্তু ?
মপুনসিগী য়াহৌ থোয়না শাংজ্রিবা
থৌদাং-থোবাংবগী মপাঙ্গন চোকথজ্রিবা
মীয়ামগী য়াইফা থৌদাং কোক্‌থোনরবা
মতমগী চোকথত্রবা লাম্মী মহাকপু
ই তোঙ শিংলী-মিছন পুন্নথা চোকথহল্লগা,
পংথহল্লগা অয়াম-থৌরাং — অপাম-ফুংশি
ফুঙাইনা তুমথহল্লবা, পঙ্গেম মমাগী তম্পাক্তা !

—: ※ :—

## যুগ অসিগী খা-মক্লনে ?

"হূইদগী চেকশিনবিবা — ফৈ"
য়াইফ-কোনগী স্ন-থোঙদা
ময়েক শেংনা ইবা
সাইনবোর্ড মচা অমনি।
য়াচংব মতমগী
মীয়াম্না চিল্লব শহর অমদা
মী-গা গাডী-গা ক্রক'ক ইন্না থৈনরিঙৈদা
মুত্তক - মুরবা " কার " অমদগী
ঙৌশোক-ঙৌরবা বিলাত্তী হূইফগী

ওকশং-ডাংলবা লেক্'ক্ লাউরবা নরৈহ্না
শং-শং লাউনা লেক্লকখি —
ঐগী যেং-থংবা পাম্বোম মরুদা ।
অশুওকপা থোদোক্লৌনিদা
অংওকপা থোদোক—
য়েংথোকখিবদা ঐনা, খংপ্রেক খংনা
নিংশিংবা ওমখি খংহৌদনা
যাইফা-কোনগী রাবি —
থবক ওম্বা মুপাহ্নগী রাবি,
যুগ অসিগী খ্বা-মরুী শোন্নবা থোদা'গী রাবি ।
অসোমদা অমুকম্ থন্দবা ওমদে
ভোশোক ভোনা হুইহ্নগী রাবি
করি যরমগী ঐথোন্দা লেক্-লমলিবা ?
মীদগী যোইনা-হেন্না শিংলবা
মনম-তনা অচুম'বান মশক খংবা ওম্রবা মখোধনা
করিগী লৈতা-লাইবা লাকপদা চিক্লীংলিবা ?
করিগী হুবান-চিহি লাকপদা চিঙ্গীংদ্রিবা ?
করিগী মী-কওবা মীনম্বা মীগা লৈনিংলিবা ?
করিগী অচুম রান থ'বা মহারা
আরাম্বা কোঙ্গায়বু খোয়ায়তরাদা খংহন্দবা ?
করিগী "কার" তোওনিংলিবা ?
করিগী ঐডোন্দা লেক্-লমলিবা ?
"যুগ অসিগী খ্বা-মরুনে" মখোয়ম্বিবু ?

—:※:—

# জিরো হোর্স পাওয়ার

(১)

অরান্‌বগী পাঙ্গনবু হোর্সপাওয়ার কযানো ??

—: × × × :—

লঙ্কা অরান্‌বা, কোটি অরোন্‌বা,
মপৈ কযানা পুনশিন্নগা শাবা
খোরারেন খেংপা চেক্‌যুম'মা
নোঙলৈ নুংশিং, যুহার—,
লালহৌ-লাম্থেং, ঈশিং-ঈরাওখোল
শুপ্না ইয়াও য়াওদনা
পৎখখি কবোক অফাবগুম ।
লাউনরকখি মনিং নৈকাইদা
খোঙ্গাইননা,
—য়েংনরুবদা কুম্মৈহু—
নিংশিংনৈ লংকা-কাণ্ড ।

(২)

ইনশিন্নগতা অমম্বদা কিথুপ-'রুম খোঙবা যন্ত্রশিং
কপ্‌হৌই—, ওন্‌থোক্টনা ওমচাক্লবা থম্মোয়না ।
অকন্ননা শবোক মুন্‌বিথ্রবা অশোন্‌বা থরাযশিং
নোকহৌই—, হরাও-তয়ান্না, মোমোল্লবা মায়থোংনা ।
থৌবম'দোক কয়াদা অচুম্বপাম্বা কাঙলুপ্না
পাউহংখি—, নুংশিফম থোক্‌প্রনে ?
তেংথা-নাওই মীকপক্কী খেংজেলশিং অসিবু ।

—: × × × :-

অরান্‌বগী মোঙফমদা ফনম্নু থুপ-থুক্ত্রুনা লোংশিন্নু নোঙমদি শোয়দনা উগনি, অধা নত্রে – অমদা খুজিন-খুনাম্থোক্কী মিটর কাটাহ্নুনা ব্রাম্থাখিবা , ( অহ্নদদি ) খ হংনানি দ্রবম্নু শোয়দনা খংলনি চৈরকতুদা অরান্‌বগী পাঙ্গন "জিরো হোর্সপাওৱার" নি ॥

—:※:—

N B :- "মীরাওখোল" কৌবা মেগাজিন্দা ফোঙথ্রবা।

## তারাম্থুক্থোইশুবা অাগষ্ট

অকম্ব থব্র'য় কযানা
অশোম্বা থব্রায়শিংতবু
অবান্নবা তুমথহনখি
অকন্নবা মীচ' শেম্রহ্নবা ।
থোংলবা ঙকশম খবদা
কন্থিন্নবা চশ্শিনখি ঙকখি
অবোন্নবা –অচুম্ববু অবাম্বনা ।
( হংলকখি– অকম্বনা অচুম্বা শকখিবা নত্রা ? )
মীন্নাই য়োংহ্লিং পোন্নাঙ থোংজিন্দা
পুকমান্নদবা অশোম্বশিংগী নিঙাই-শংদদা
অকম্বা থব্রায় খবম্নু
অঙকপা মওংগী থৌদাংনা তুমথহনখি ।
( অসোমদা ) ইবায় হেক লাইনা ফংখি
ক্রেপ খুজোক'মা পৃথি মীয়ামদগী ।
অহ্নগা!
খংজিনহৌই, ইশিনহৌই, ইতিহাসনা
থাগৎপা য়াবা শাগৈহ্নগী থৌনাশিংতবু ।

কাইনথংদা
নিংথাইববা শক্তমগি শকৃয়েংকশিংবু
থেংচিল্লগা লাখামীতৈগী মবাইবক্তা
শোন্নরকখি শরি, নিংশিং থৌরমওইনা
মশিং কাযদমখে' শজিবু অমা ফাওবা ।
নিংহন্দবমখে, লাইথোক্লদমখে,
মালেমগী মীতৈমচা পুম্বা ।

—: ✿ :—

( N B :-ঝফিববন্দগী চেফোঙ অমদা ফোঙথবা )

## "হাই-লিভিং রাফ-থিঙ্কিং"

লৌজ নাম পিজ নামগী উবোক থোঙখাদা
চংহাং হাংলদা থরায খরা
নুংশা যাইবী শিদৌ-নাদৌ ।
নখায়গা ম াদা যাওবিবা হুমিং মঙালশিংহ
শুপ্না মৈশা যাওদ্রে—
মযাক যাওদবতা নত্রে, নুংশাশোর ফাওবা হোনদ্রে ।
অদুবু ক বিগুম্বদা
মথৌ শংলবদি মীযামতু পুনশিংগা অচুম্বা লমদাংদা
তাইবংগী অকম্বা, অয়াকপা অম্মোৎপা পুম্বা
পুংতুম তুমহল্লগা মহি চেম্বমখে
শেম্বা যায় অফবা মঙালগী ময়াক কয়া
মতুশিংগী লৌরোনপুম্বদি মখোই শুপ্না কাউখে,
তোইনা চাইশিম্বদা চুরাম্বাবশিংগী ঈশিং অঙাওবনা ।
মীযাম্না শেম্বা অচৌবা লাইশংতুগী
মবুক থন্না পিজ'থক্লগা পাত্রমন্ত্রীশিংবু

চাবান্নবা য়োঙগোনগী যোঙজাওশিংদা
চিঙ্গাক হুন্নো থাবকপশিংহু—
অনোয'নোয়বা হৈ-শিংলবা যোঙবীশিংবু কৌশিল্লগা
মুংশিনৈ— অরোম্বা লোবোন কয়া য়েৎনবগা ।
(অহুদগী) মুংশি যান্নানা যাথংনৈ,
খাবুম থন্না হুকহৌরো—(অহুগা)
হুক্লিনখ্রো অবেম্বশিংহু উরোক থোঙখাগী লংজাশিংদা!
কাঙহৈরুক্লীদা কাঙহৈরুক .
অহুবু, হান্ননা চারুক খবদি থুংবিখো
চাবান শিদা থিল্লকপা লাইন্নিংবীশিংহুদা
(অহুগা) অহুদা নম্বা যোঙলাই চুরবা জগোইগী
ফোটো, রেডিও, টেলিভিসনগী কেশেদশিংহু
শুপ্পা ঐখোযদা যৌহল্লকমু
নখোয অহুম্মা ওইযু. লানজাওহুগী লাম্মী
চোকতা চোথরকপা মতমদা
ঐখোয অচৌবশিংগী—সানাকোন্নুগী থোঙশংবদা
আইডেন্টি কার্ডশিংসে উৎল্লগা
আমবাপুবগী এয়ার-কণ্ডিশন শৈকোলহুদা
ভাইহাক হেক্তা ফল্লো-লাও, পোথারো লাও
অহুদগী—
ঐগী সিজা মেম সাহেবীনা পুথোরকপা
বীযার গ্রাস'মা কাউন্নবা থল্লো-লাও
অহুদগী—
মখল'থেলগী লাইশং মচা'চা মযামদা
লৌরোন হৈর'রবা পাণ্ডা ময়াম লৈবনী
পূজাহুদা তোঙান'ভাম্বা দক্ষিনা মশিং লৈবনী
পাণ্ডাশিংহু অফবা নত্রবদি চাদবনী

মুঙাই-য়াইকবা ইম্মুংগী বিলাতী হুইলাবগুম ।”
অসোয়দা -
গাইবরেনশিদু চরাং-মশা পাইনৈ — ।
লৌজনাম পিজ-নামগী উরোক থোঙখাদুদা
মরক-মরক্তা থোঙখাগী চারামবশিংদুনা
অচুম্বা লমদাংদা, অপুম্বা থৌনানা জালহৌরক্লবদা
লাইশ্মিং লৌবা লাকপা ময়ামদু লেপ্নে কিউদা —
শংচাঙগী উরোকশিংদু ,
পাই ন-পুন্না— অমনা পাইবা মাইগৈদা ।
মমিৎ চেজেং উইশিল্লগা পাইনৈ অমম্বদা ।
নোংচুপকী অচুমˈচুম্বা ফুঙ্গারারি শান্নে ।
মুম্না খম্বনরগা খবা ঙম্মী অচুম'রানশিংদু
( অদুদগী ) মরুম'রুম শান্নে মম্রগুম
তপ্না-তপ্না— “চুপবুদি চুম্মী লোয়না
অদুবু
অফনা য়াখলতদি চৎপা ঙমদে ॥

— ঃ ✻ ঃ—

## “মুঙঙ্গম পরেং”

থৌনাঙঙ্গমগী থোইবত্থু কারবার চাওনা তৌজরে হায়নৈ,
ঙ্গোয'য হিসাব য়াওহবা মৈতৈনা মাংজরগে তৌরম্মী ।
ময়নাপথার মেরাজাওবগী মচাত্থু শোন্নে লাইরিক য়াম্না ফৈ,
এ'রা মপা'মা লৌ ঙবা 'ব' কলমনি থাজদে ওইরোই ।
কৈথেল অরিবগী কিশোরত্থু হন্দক এ, সি, এস, থাখি হায়নৈ
ছিঃ লুপা-পয়সা পায়দনা অরেমম্বদা থারিম্মী ।

ইবাম লকাইগী ইন্দ্রমনিদু কুমশি এম এল, এ লেপকনি হায়রি
নুঙাইদা মবল পয়সা মরি পায়দনা লেপচনিংবা শারিম্মী
বেবাখালগী বেনীদু ইশৈ য়াম্না ফরে. ফাওরে শোন্ন
হোয'যদা ময়ূম পানবা রাজগে থৌরাংজরিম্মী ।
লোকথাবগী লমাতোনদু রাজনীতিগী কা'লুপকা মৈ'রবাক্তা চংকদৌরি হায়
লোয়রেদনা নুপীনা মপান্দা চংলবদি করিগুইবা হৌননি ?
রাজনাবীগি রাজেনদু সমাজসেবাদা মথল্লায় য়াত্তই শোন্নে,
থং-এ যে মীয়ামদগী শেনথায় লৌরগা চাগদগী তৌরিম্মী ।
মনিং লকায়গী ডাঃ মদনদু লাযেংবা য়াম্না ফরে তাবা ফংই,
থমখোং-সে মৈতৈনা লায়েংদুনা কয়া আ ওইকনি ।
নন্দপুরগী নন্দকিশোরদু উকালতিদা যাম্না নমিংচংলে থাগৎনরে,
কান্নত্রপোংনি ফিজ কম্বনি, শেন য়াওদ্রবদি চংবা য়ায
গৌবিন্দপুরগী গুণ হেডমাষ্টারদু পরীক্ষা রিজাল্ট ফহম্বা ওম্মী হরাওনৈ
তান্নিংদে, থাজদে, মৈতৈনা মকোক ওইবা মরা লৌদে
ডবলংগী ড্রামাপাটিদু চাংয়েদা যাম্না মাযপাক্লে ঙাংনৈ,
নমথিরে মথৌগুনিঙাই লৈতবা মীওয়া তৌ'শারিম্মী ।
( অদুবু অভার ব্রিজমনাকী অভিবাদু ড্রাগযু গাঞ্জা, যুল্লাব হুরানবা ফবে হায়
বিষ্ণুঞ্জু ফত্তে মনিং পনগদু –, নত্রবদি ফত্তবা থবক তৌরকপা যাথ
(অদুনা ) মুংদম পরেংতনা লৈত্তক্লীবা হৈ মৈতৈ কাংলুপশিং,
পোথাবসিবা কৈদৌবগে, হিদানববা ওসিগী তাইবংসিদা ।

—:✱:—

## "য়াইরীগি হুবা"

ভারতবর্ষগী মীওই কাংলুপ থরনা
ভারতইমা মিংথোনগী লুহুপ উপশিবিরগা

থাখিবদ্মী ভারতইমা মিংথোন ফংলবিবু
শেঙ্গাও পাযবা সম্রাজ্যবাদিশিংগী যোংক্লিন্দা
থবক ফংদবগী চাবাম্নববা
নাহারোল লাইরিক লৈববা
শেং-পা চাবা মনিং থুংত্রবা
লাইর অনংশিংগী মচাপুন্নদা
লৌশিং চাউবা খুৎনাইবাশিংদা
কন্দবা শক্তিশেলনা পাল্লদুনা তুববদা
মায-ভাক্লনবা পৃথিবী মীয়াম মমা দা
হনুমান-না,
সমুদ্র তরেত, তুবল তারাহুম্ময়াই য়াংমদগী
শিদা-হীদাক হোবা বিন্ধচীংবু পুরকপগুম
পুরক্লী ভারতইমাস্থ লুপা কোটী
লিশিং হুম্ফুগী মপৈদু কোকথোংননা
শেন্দোই চাবা আই, এম এফ কী শেম্ফুদগী ।
হুম্মাং তপ'প তানা নম্মো হেক থাবগা
খবা শিন্নখি মফম'ফমগী বিশ্বকর্মাশিংদা
খরা শিন্নখি থবক শিনবা পান্দাশিংদা
খরনা লাক্লহল্লি, কাঙ হৈক্লক হুমিংকী মীখুদিংদা
শিংগৎলমদাই য়ৌরদুনা
থুংলারবদা কাবুলিরালাশিদু
ভারতইমা শেঙ্গাও শংবিনা লাউথোকই নিঙমদনা
মীয়াম চাবা ভারতকী মীখুদিংনা শরুক লৌবিয়ু;
ঐখোয় মী কোটী হুম্ফুতরামক্লা অহল'ঙাং থাইদনা
তোল্লবনী লম্মন ওইনা মীখুদিংগী
লুপা চম্লিগা কুনত্তরুক ওইনা ।

অদুগী মতুং তাবদা—ভারতইমান' হৎলকখি
মহাক্কী মী কোটী কয়াদা তনৌহবা রাহৈনা ।
দস্যু রত্নাকরনা ময়ুমগী মীখুদিংদা হংবগুম -
পুমিন্নগদ্রা পাপকী শরুক পুম্ববু ?
শরুক য়ায়া থুংখিবশিংনা থুরু থুদক কুন্নদুনা
ইমাগী লম্নন শরুক য়াক্সগনি হায়রবস্থ
অচুম্বা চৎপা, শরুক লৌদবা, লাইর-অনংবা,
শুক নোমজদুনা চাজবশিংদি য়াখিরমদে ।
য়াহৈশিংদু তারবদা ভারতইমানা শাউরদুনা
কম্ন'করবা য়াইগীগীহবা এসমা, নেশা, অমমম
শারদুনা উপশিষী মখোয়শিংদুগা অকম্ননা
য়ারে, লাম্মে, নারে, রা অমত্তা হায়বা ঙমদনবা !
( অদুদগী )
লৌখৎলি লম্ননশিংদু নাকোইননা
য়ার-য়ারবা মীওই-লাইরপ চাত্রবা মীশিংদগী
তুখোঙ-তুরৈ খুদিংমক্কা টৈল্লকী শিকোলদু লৌশিন্নগ
চাদবা য়াত্রবা পোৎ-চৈ-গী মমলবু
অঙঙকপা মৈশা ফংনা তাংহন্নগা ॥

—:※:—

## *পিক্রবা নোঙরিক অমা*

ঐ পিক্রবা নোঙরিক অমনি
কয়ামুক পিকপগে হায়রবদা
মিংনা উবদা য়াগদবনি ।
অদুবু খংবিযু—
ঐগী চিথান্দা য়া য়া লাউববা ঈনাওখোল
ঐগী থম্মোয়দা অঙকপা ঈচাওগী থৌরাং
( অদুবু ) ঐ পিক্রবা নোঙরিক অমনি ।
নিংশিংলিবরা-?

অদূগৈ ঐনা উরাও-থরাও কুমথরবপদা
মীয়ামা মফম'গাং খংখিদবদো ?
য়ুমগী মাইগে—খুদিংদা ঈচাওনা থুমজিনখিবদো
ঐবু থওইদমা খংজিন্নদবনা
ঈচেলচু থিংঙমদবদগী য়ুম কয়া লুপাশিনখি
ঈপাকনুংদা, চেক-য়ুম কয়া শেন্নম্মী উফুলগুম
চাওগা মুংজাও, উজাও, কয়াগী পুন্সি
নৈহৎল্লগা শুরু-শুরু ইতোমতনা ঐনা
( অচুবু ) ঐ পিরুবা নোঙরিক অমনি ।
অসিগুম্মা অয়াম্বা লৈবাক, খুঙং, ফত্তবা য়েংথিবা
কয়া কয়া শেমগুম্মী মাঙ-তারুবা
অচু ফাওবা-খংজিন্নরোইদ্রা ঐখোযবু ?
কাওরবরা— ?
অচুগৈ ঐখোয় পুন্নমক্না শাউরচুনা
কুমথরক্নম্মী নোঙথক অমদগী পুন্না
খংপ্রেক খংনা ।
অচুদা রাখিবদাই নখোয়না—ঐ লাকপগীদমক ।
অচুদা ঐনা তাখি—নখোয়গী অচা তেংথাখোল ।
হৌজিক্তি খংঙে-উরেদনা ঐখোয়গী অঙঙকপা
মপান্নাইদ্রবা পাঙ্গন অপুন্বাথৌনা
( অচুবু ) করিগী খংজিন্নরোইদবগী হোৎনৈ ?

— × × × —

হৌজিক লৈররোই ঐখোয়
নখোয়গী চৈরাক-কৈগুম ইশাই-ফুচুনা ,
ঈচেলতবু লৌশিংনা থৎপ্ররা তুরেলচুদা

ওকল্লনা থুপনমদা হাপচিল্লা টেংকচুদা
ফংডা-হৌথি চাম্লবা ইনাথুম্বগী খোঙছাম্বনচুদা
ঐখোয় মপাল থোক্লনী, মাইগে থুংনা শিল্লগনী ,
শহুরদা, খুঙংদা, লৈরকডা, লৈকাইদা ,
মাইগৈ অমদগী মাইগৈ তৰাদা
ঐখোয় হল্লা ঈহৌনিংই
নখোয়না থুপা থওয়বিত্রবদা
অদুশিং পুম্বদি নখোয়না হেল্লা খংইদনা ?
( অদুবু ) ঐখোয়বুদি খংত্রিদো –
ইপ্পা মতমদা ঈহৌরক্লনী ঐখোয় পুম্না
ঐখোয় পুম্নমক্না অবোইবনগী মতৌঙ্গ্ন ।।



## "মখোল খোক্তনা কপ্পী"

মখোয়দি মী ফুই—
মপোয়গি মীফুসি য়াম্না শাখি,
অশোন'না লৈত-লাইরনা রায় খাংবদা
খাংঙমলবসু - খাংই মম্না ক্রক্ ক্রক্ চিল্লা
মখোল খোক্তনা কপ্পী ।
মখোয়দি মী ফুই—
খোইদৌ মযাগী পুকনোপ্পা ফুই,
থুক থুদক কুন্দুনা খাংই
মুশিন' শিন্না পুকথক্তা খামই
করিসু হায়ঙমদে, নাপ্প নাল্লহনা য়েংই,
মখোল খোক্তনা কপ্পী ।
মখোযদি মী ফুই—
কুত্থনা কপ্পহৌনমখৈ কপহল্লগা
কাইনথংদা, অস্তুম্মন খজিকতং পিরগা
'খাদোরকই কপচেংপশিংত্থু খেয়হনা
লগান মপোক্তা শেঙ্গাও পাইবশিংগী
লম্মন তোম্বু 'তমখিবননী নরাইবক্তা"
মখোল খোক্তনা কপ্পী ।

—:✲:—

( N. B:- কাছাড় বনতারাপুরগী চেফোং অমদা কোংগ্রবা )

## ঐবু ইশৈ অমুকতং শকহনবিয়ু

থৌরম পুরিবা থৌবুরেনশিং
থৌশিন শিল্লিবা শিনবুরেনশিং
করিগীদমক ইশৈ শকহনদবগে
শৈশকপা পাম্বা ঐখোয়বু ?
"ঐবু ইশৈ অমুকতং শকহনবিয়ু" ।

করিগুম্বদা
ঐখোয়গী ইশৈশিংসে তারগা
কারখানাগী থাও-থিগী মৈথুনা কংথবা
ফুমৈনাম্বা চীঙত পম্বীশিংহু
চোঙবা যায় থোংলবা হানৌ ।
চীঙজাও পাম্মীরক্তা চারুরবা
লেপ-কতুনরবা উচান পাম্বী মচাশিংহু
হুনবা যায় অনৌবা ময়োল ।
তত্তথায় - চাবা লৌত্তবশিংগী
লেপকংনেরবা ফৌনা ফৈদোমপুম্বা
খুংলোনবা যায় নৌহৌননা ।
অতৈম্বু ফবা যায় '
চাক - হোত্তবা যায়, কা— পোত্তবা থায়
শেন হোত্তবা যায়, লোম্বানবা যায়
"ঐবু ইশৈ অমুকতং শকহনবিয়ু
মখোয়না হাকংলি — ঐহোম্দা —
অামুলগী - ভেমাদা য়েকপা নম্রাশিংহুনা,
নোকফেং'কফেং যেংলগা চাথনকট
ঐখোয়বু অমম্বদা পুরিবশিংহু
ঐথোয় লোয়না থংই ।
শকপিথু মখোয়গী মায়োক্তা
ঐথোয় নম্রা লাখাগী লালহৌ ইশৈ ।
থরকী শক থোক্লবা
ফিজেং চাক-চা মোংলবা
চাক্কৌবিগী মচাশিংহুনা পেম্মী'ম্বী পাউদম্বী
এম্বা থুনবগী শজাইদা
চাক-চম্বা'মা তানবা চংশদা
মেম-সাহেবনা শংোম্দা থুম্বদা

অমুবা—চমু ফেংঙ্ বগী হান্মুক'মাই তৈরবা মথুংনা
'মমিং-মনা নোরমছনা কপ্পা তেংথা ইশৈ
হোটেলগী অম্মোং-'কায় চাম্বা নম্নাগী
ফৈ-গল ফৈ-র অনিদা ঈ-পুন্দুনা থাম্বমথৈ ফুরিবা
পু-কংবা মহাজনগী মায়োক ইশৈ
মতম লাইনা পিজবিত্রবা মপুগী
চায়াম পোকপী ছটম্ববীগি
অহিং নোংয়াইদা শকপা তেংথা ইশৈ,
থবক কংত্রবা নহারোল লাখাগী
চাবায়বা হুংশি-হুংভোল থুম্লং ইশৈ
ইশৈ – ইশৈ – ইশৈ –।
ভসিগী মীয়ামগী খোমাইদগী
মথৌ তাবা ইশৈ, থাদোকপা য়াত্রবা ইশৈ
'ঐবু অমুকতং ইশৈ শকহনবিয়ু"।
মখোয়না লাউরি খোম্লাওনা—ঐতোন্দা—
আচা-থাউ তিনদা য়েকপা
লক্ষীমি, কৃষ্ণ, গনেশ লাইয়ানশিংনা।
ঐখোয়গীশু অয়িবা ইশৈ থরা লৈজে—
আচা-থাউদা রেপশিন য়ানবা
কেরুসিন্দা ডিজেল য়ানবা
চেঙদা অঙৌবা হুংকুপ য়ানবা
চন্দোন চরা থৌনা থিনবা
নম্নথাক ময়ামগী পূজারি
নমথাকতা লেনদাম্বা বেপারি,
শকপিহ মখোয়বু মতিক থোকপা দৌ
শিননবগী অশং-অশিং য়াহৌবা ইশৈ।
অঃ—শককমবু থংত্রবনী—

ক্ষয়াদা য়ামখ্রবা থুল্লং ইশৈ মযামনো ?
"ঐবু তমুকতং ইশৈ শকহনবিযু"
অত্থবু অসিমন্নু খংবিযু—
নখোয়না শুপ্প-মক শকহনবিগ্রবস্ম
নোঙমদি শোয়দনা শকুবগনি
মশিগী মীয়াম তিম্বা থৈজ অস্মিমত্তদা
নহা — অতল কোটী বয়াগী নাকাঙ ফাওনবা
অমম্বনা লীবোল্লবা থম্মোয় চাংখায়ননব'
অম্মোং কোঙ্গায় চামথোকুনবা
অরাম্বা থৌরম বযা নৈহৎননবা
অরাংবা আখাবা "ত" পাম্বীশিং তুমখিনবা
অশোন 'না ময়ামগী ইশৈ মুরদা
মফম'রাং খংদনা নৈহংপিববা নাপী-শিংবী
ময়ামতবু অমুক হন্না হিংগৎননবা
"ঐবু অমুকতং ইশৈ শকহনবিযু ॥

— ঃ ❀ ঃ —

## বেক ভোর

মী মক্কী হেক মশামক্তদা
মতু চোয়বা শা-মকোক পাল্লবা
শা-মরক ভা মরক থরা
ক্ষয়মী — মী ফমওই শা'ফমওই ।
মগুন থরদি থোইদোক্সা চেল্পী
রাজাও ভাংদে মরুম রুম শোল্পী ।
ভৎভনা ভংন্নরকই অমগা'নিগা ওনশিন্নহনা
খংখি খংখি খিগৎনৈ অশাংবা ময়াশিংহু ঃ

ঙম্বমখৈ খিগৎ'গৎম্নত্নুনা ।
– লীলানিদা ওম্বোকপগী লীলা ।
থম্বায়'মা ওইবগী করিশু ম্নাৎত্রবদা
কম্ন ম্নাশকচ্চরি মৈরাম্বী ওইজগে ,
( অত্নুদগী ) নোঙমা চৎমিন্নখি পুম্না
ছুইনাউশিংত্নু মফমত্নুদা – ,
যাইফাকোনগী ছুইজাওম্নুবীগি ছুইনাউশু
লুকোকপী কৈথেল ছুইম্নুবাগি ছুইনাউশিংশু
মফমত্নু হেক য়োবদা নোঙখাকপগুম
ঙংম্নকই খংঙং
ঙকশং – ঙাংবা য়ারীশিংত্নু খিগৎলত্নুনা ।
খাংবা ঙমদে মমাংদা
কৈথেল ছুইম্নুবীগি চংনিংথোকপা মচাশিংদু
মাইগৈ শম্লাই খুদনা শাইথোকই থুয়াগী উফুলগুম ;
( অদুগা ) চপ লেপ্পনা লৈহৌই উচুঙগুম
ছুইজাওম্নুবীগি ছুইবোয অহাম্বশিংদু
শর. শ-র. লেকথোকপী মরিনা হুম্নৎ'কৎনা
চকপ'রুপ চুপথোকপী মথাদা চেজেৎ কোনশিন্দুনা
"বেক ডোর" গী আইডেন্টিটি-কার্ড থাওজাউদু উৎলকপদা
কয়াদ নিংবা কাইথ্রবা মীয়ামগী মুত্তীনো ?
অদুবু – ছুইম্নুবীগি মচাশিংদুনা
পুম্নপ পুনশিন্দুনা ওম্নক্লবদা নোংমৈ মরু ।
তৎতনা তাবকখি মাইবী লাইবাও মনাকোঙদা
শোরাং শোম্ননবগী মত্র মরোলঙক্লা
শা – মরক ঙা – মরকশিংদুগী মনাকোঙ মরদা
অদুদগী মথং মথং শেংদোরক্লবদা –
মথম্বায়দু লোথোক্লুনা হাপচিল্লী শম্রীগি মথুবাক্লা ।
—: ✱ :—
( NB = ছুমিৎলৈ মেগাজিন্দা ফোংখ্রবা )

# অরংবা মঙাল অমা

শিদৌ-নাদৌ ইঙোকপা ঙমদ্রবা
নিঙমদবগী মপৈ মপৈশিংদুনা
ঙইবক্লি ঙুরু মন্নবা চীঙগী পরেং কয়া।
ঙমখৈ নাইদ্রবা অম্মমবা,
অঙালবগী য়েরুবা।
কোক্লনবগী কন্না হোৎনজবা, হকথেংনবা ইখেংশিংদু
লোয়না ওনখ্রে ই-অশিবা থাংফমশিংদা
অশিবা ই-গী তুবেলশিংস্থ
কংখ্রে খুরুক খুরুক
উনা-উনা লৈখোইরক্কা
নিঙমদবগী মপৈ মপৈগুম্না।
অমুকশু থোমজিল্লী মরোন'রোন,
নিঙমদবগী মপৈ মপৈশিংদু।
শোরাথেম খেৎনা রাংলবা চেক'যুমগী
চেক-থুদিংগী থম্মোয় শিংলিদা চেল্লিবা
লাইরবগী হুম্মাং পীরাং ইখেংরক্কা হৌবা
সনা-খোঙনাং পাম্বীদুনা।
— রাদবা ঙমদে থম্মোয়না মঙাল নংগীদমক—
চাক্-চম্মাংদা নিংখৌ ওইজনিংবা
মক্লু ময়াং-শেক্পী শঙ্গুগী
তমথিরবা খোঞ্জেলনা ওইঙমদ্রে.
হোরাং-হুগী পৃথি-নিকপা ছু'খোঞ্জেলদু
লৈরকতা শেম্বা অপুম্বা পাঞ্জলনা
পিঙমদ্রে হাওরা ফংননবা পরেংদা লেপ্পগী

চোকথরবা কপ্লাক মরিগী অনৌবা থৌনা ।
মুংশি'ঙোল, লৈরাং- খে,ইমু তেংথাবা কবিনা
থমডমদ্রে-, অহাংবা, মথোং ফুনদ্রিবা মপান সাহিত্যগী পুকৈছ
( অদ,বু ' পিক্লবা মঙাল অমা তংতনা ফাওরক্লী
ইংনা, তপ্পা, নিংথিনা, ইনৌ-নৌনা
লেপ্তনা চেম্বরক্লীবা মুঙজেংরক্তা
"অরংবা মঙাল অমা"
( NB:-আসামগী মঙাল কৌবা মেগাজিন্দা ফোঙখ্রবা )

## নোঙ নং চু'রো

নোঙ নং চু'রো
থৌরাল লৌফাং চোংহল্লো
চিম্বী তোকঙা থম্লনি
লায-না লাইচং শেল্লনি
লাইর পুকচাক থোক্লনি
লৈঙাক থৌরাংবা শরোম্বা
লৈবাক থৌগুবা খুনথোম্বা
হোম্ল-নাল্লসন্ন লম্বেন থোঙ
উচী'হুম শাফম থম্ফম-মুং
কাউরসন, লৌনম' থাকথোন
চাক'ঙাহোংলসন, লৈতা লাইরকোন
অম্মংবা নোঙ নংনা
লিরি খিক্লবদা থৌ-খংনা ।

—:※:—

**—: লোয়রবা :—**

## কবির শকতাকপা

য়াওলচাওবা শৈরেংবা য়ুম্নাম নয়ন মীতৈ সাহিত্যগী অচুম্বা পান্থা শেংদোকপা মথলগী শৈরেং ইগম্বা কবি অমনি। ইং-শোক ছুফু নিপান অফুবাইদা ছাত্র ওইরিংদগী ইমালোন সাহিত্যগী শৈরেংদা পামজনা খোংদারকপগী খোমজিন্ব শৈরেং কয়ানা কবিগী অহাম্বা লাইরিক ওইনা শোক ১৯৭৭ ইংদা "ঈবাওখোল" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা "অপুম্বা পারমলেন মকপ" হোজাই মশানা ফোঙখিরম্মী। শেংদোকপ অমদি শাওরংলপ ওইবা মথলদা ইবা শৈরেং লাইরিক অমনা ঐখোয়গী লাইরিক-লাইশু হৈবা অচৌবা নত্তা কয়াগী মফমদা নিংথিনা মিথেং চিংশিন্বা ঙমখি। "উকোম্বা কুপশুগী আম্মংগী" কৌবা অইবগী শৈরেং লাইরিক অসি মতম অয়াম্বদা মীতলোন গী মেগাজিন কয়াদা ফোংবা শৈরেং কয়াগী অপুম্বা শকতম অমনি, শৈরেংশিং অসিগী মঙ্গুংদা শৈরেংবগী তশেংনা মমাংলোন মচাতাবু অমদি থুম্নাইগী থোলাং কয়াবু অচুম্বা মওংদা শেংদোকলিংবগী লম্বেন তাকপা অমসুং আশাওবা থম্মোয়গী শকতাকপা ময়েক শেংনা উংলি।

চিংনদনা হায়বা ঙম্মী মতুদি শৈরেং লাইরিক অসিনা শিংথাবা য়াবা অচুম্বা অমদি আশাওবা মথলগী শৈরেং উচেক অমনি।

—ঃ অক্তোওবা ঃ—